# মৃদঙ্গ তবলা খুংথং

## (অহানবা শরুক)



নোংথোম্বম নোংথোন

# মৃদঙ্গ তবলা খুংথং

(অহানবা শরুক)



নোঁংথোম্বম নোংথোবি

## "কচ্ছরা"

ঐবু মীয়ক তিময়া হোংনবদা পুরোরা কোঙ্গায় মগ্রবী ঐগী সুংশিজরবী ইমা নোংথোম্বম ওংবী বজশ্রী দেবী নহাকী নকুমল্লা নচুগী খোল্লাংমম মপোক মপোক থুদিংদা শিংথা ওন্নরোইদবা তোল্লবা নচানা 'মৃদঙ্গ তবলা থুংথং ( অহান্নবা শক্তক )' লাইরিক মচা অসি কচ্ছরি। লংনদনা লৌবিয়ুকো ইমা।

নহাকী নচা

নোংথোম্বম নোংথোম

# "ৱাহৈ থৱা"

ঐবু পোকপিবা ইপাবু কোটি প্রনাম দণ্ডবৎ তৌনা খুরুমজবগা লোয়ননা ঐবু পোকপিরিবা ইমাবু খুরুমজরি। মথংদ। শিক্ষা দিক্ষা পিবিরিবা ওঝা গুরুশিং।পণ্ডিতশিং খিবিকপুস্থু কোটি প্রনাম দণ্ডবৎ তৌহনা হয়া হয়া খুরুমজরি।

ইশাগী অপাম পামদা অচুম অরান প্রমান লৈবা অহুতবু অচুমনি হায়না লৌজরগা, অমরোমদনা উক্তগুরুশিং পণ্ডীতশিংগী মরুমদা থুপচরগা মাগী সদ্বানী অহুভবু সভ্য সমাজদা খজিক্তং কামবা কংবা য়াই হায়না থজহনা লাইরিক মচা অসি ইজবনি। জগত ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক অসি জ্ঞান অমম্তুং বিজ্ঞান হায়বা অনি অসিডগী মথা পোনবনি জ্ঞান অহু ইয়াও য়াওদনা বিজ্ঞান পুথোকপা থক্ য়াবা নত্তে। বিজ্ঞান হায়হনা পুম্নমক্তা গুরুরিবা অসিস্থু জ্ঞানদগী পুথোকপা ঙাক্তনি। অহুনা মীওইবনা মথল মথলগী জ্ঞান কংলবতদা মরম খুদিংমক্তা চাওখংপা ঙম্নরিবনি। মসিগী মতুংদা "বদ্য" Vaidya হায়বা অসিমস্থু জ্ঞান অমদি বিজ্ঞানা অধার ওইনঃ লৈরিবনি। অসিগুম্বা ব্রহ্মাণ্ডগী তত্ব অসিবু ঐগুম্বা অপংবা মূর্খনা ইজবদি ইতিক ওইবা নত্তে। শেংলবা সদ্গুরুনা ভাকপিখিবা জ্ঞান বুদ্ধি পুম্নমক্তগী ঐগী পিকপ্রবা থোপ মচা অসিদা খরদংদা লৈহৌবহুভবু মাংখিদনবা হায়হুনা থমজিনজবগুম্বনি। অসিগুম্বা তত্বশিং অসিগী রস অহুবু আস্বাদন তৌবা পাম্বিবা সভ্য সমাজগী মকমদা লাইরিক মচা অসি খুদোল ওইনা কচ্চরি। অশোই-অঙাম অরান অছুই অমম্তুং বানাননচিংবা লানবা য়াওপ্রবস্থু মতুংদা চুমথোকচরকনী পুম্নমক ঙাকপিনবা খুরুমজরি।

এন, নোংথোন

# অকোংবগী কলমদগী

## নোংথোম্বম নোংথোনগী পুন্সি ৱারী

নোংথোম্বম নোংথোন ইং ১৯৩৩ গী ফেব্রুৱারী থাদা পোকখি। মপা ইবুংঙোগী মিংনা মদন কোই। মমা ইবেম্মগী মিংনা রাজনী কোই। মপা ইবুংঙো নোনা কায়নখিবনা মচাগী য়োকপা থাকপগী অরুম্বা ভার পুম্নমক মমা ইবেম্মগী মথক্তা তাখি। লৈত-লাইরগী অৱা-নৈথু ময়ক্তা মমানা নোংথোনবু চাউনবা য়োকক্লখি। মমা পোকপা মপু মবেন অনৌনা মাবু মহৈ-মশিং তম্বহনখি।

নোংথোন চহি ৭/৮ লোম শুরকপা অহুরাইদা লাইরিক তম্ম তম্না পুঙ ৱৈবস্থু তম্বা হোৌখি। মৈতৈ পুঙ, অমদি খোল তম্বগা লোয়ননা তবলাস্থু তমখি। মাগী তবলাগী আদি গুরুদি বাদক শিরোমনি ৺থোকচোক অঙোৱা সিংহনি। মথংদা লক্নৌদা চত্তূনা ভাতখণ্ডে সঙ্গীত বিদ্যাপিঠতা মিং চন্দুনা তবলাগী মপুঙ ফাবা শিক্ষা ফংনবা হোৎনখি। মরাইবক ফবনা ভারতকী তোপখিন ওইরবা তবলাগী জগত্তা মমিং চংলবা খাঁ সাহেব উস্তাদ অহম্মদজান 'থীরকুৱা' ভাত খণ্ডে সঙ্গীত বিদ্যাপিঠতা তবলাগী অধ্যাপক ওইবা মতম থোক্লম্মী। নোংথোন সিংহনা মহুগী খুদোংচাবা লৌজহুনা ক্লাসতা তম্না তম্না খাঁ সাহেবকী শঙ্গাইদা চৎচহুনা তোঙাম্না প্রাইভেত ট্যুশন তমজখি। মথংদা, মৃদঙ্গদা, ভারত্তা নাইতোম ঙাল্লম্বা পণ্ডিত সাখারাম তিৱারীদগী পখাৱাজ ৱৈবগী জ্ঞানস্থু ফংজখি।

লক্নৌগী ভাতখণ্ডে সঙ্গীত বিদ্যাপিঠগী বাদ্য বিসারদ পরিক্ষাদা ফাষ্ট ক্লাস ফংহুনা য়ুমদা থোরক্লবা মতুংদা নোংথোননা মতম অহুগী মণিপুর সঙ্গীত মহাবিদ্যালয় (হৌজিক্তা গোভর্ণমেন্ট মুজিক কলেজ) হায়বহুদা তবলাগী অধ্যাপক ওইরম্মী। ভঝা ওইনা ওইনা অল ইন্দিয়া রেডিওগী ম্যুজিক ওডিসন য়াওহুনা

বি-হায় গ্রেদতা পাস তৌখি। ওডিস্নন পাস তৌরবা মতুং থরা লৈরগা মণিপুর সঙ্গীত মহাবিদ্যালয় থাদোক্লল্লগা ওল ইন্দিয়া রেডীও ইম্ফালদা ম্যুজিকী ষ্টাফ আটিশ ওইনা চঙখি। মণিপুরদা শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী খ্বাইদগী ইহান হানবা রেডিওগী কলাকার বোংথোন হৌজিক হৌজিকমক ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালগী ম্যুজিকী ষ্টাফ আটিশ ওইদুনা মীয়ামগী সেবা তৌজরি।

গোকেন্দ্রো

# থাগৎচবা

"মৃদঙ্গ তবলা খুংথং অহানবা শরুক" কৌবা লাইরিক মচা অসি ইজবদা চিন্নবা মতম্দু কাইখোকপীদুনা লাইরিক অসিগী মশা মউ হাপ্লিখিবা অমদি থৌনা পাঙ্গল পীবিদুনা হীরম কয়ামুক্তা ঈতেং পাংবিখিবগীদমক্ত ঐগী মুংশিজরবা মরুপ হিন্দী রাষ্ট্রভাষাগী প্রিন্সিপাল শ্রীএস, গোপেন্দ্র শর্মাদা ঐহাক্না মতম পুম্নমক্তা শিঙমনরবা লম্মন তোঙ্গরবনি। মথংদা ওল ইন্দীয়া রেডিওগী প্রদ্যুসর শ্রীবি: জয়ন্তকুমার শর্মনা অরা অনা খিবিদনা লাইরিক অসিগী মথরায় হাপ্লিখিবগীদকত্তদু শ্রীশর্মাগী মকমদম্দু ঐনা লম্মন য়ায়া তোনশিঞ্জরে। হীরম খুদিংমক্তা মরুপ্না তাকপি তিকপিদুনা অইবদা উৎসাহ পীবিখি। মসিগীদমক্তা ঐনা মরুপ্দু চবিক ধন্যবাদ তৌজরি।

লাইরিক অসি নম্নবা হোৎনজবদা চে-চাংনচিংবা নৈবদা ইতেং পাংবিখিবা ঐগী মুংশিজরবা ছাত্রশিংবুদু ঐনা আশির্বাদ তৌজরি; ঈশ্বরনা মখোয়গী পুন্সিবু মুত্তাই য়াইকবা চাওখৎপা হায়বদু ওইহনবিসনু। মথংদা, লাইরিক অসি নম্বদা খরচ ওইনবা শেলগী তেংবাং পীবিয়কপা গোভর্ণমেন্ট ওফ মনিপুর, দিপার্টমেন্ট ওফ ইদুকেসন আর্ট এণ্ড কলচর ইস্কালগী দিরেক্টর মহোদয়বু ঐনা মতম পুম্নমক্তা হন্না হন্না থাগৎচরি; অমদি তৌবিমল থগুবা উৎচরি। তোকপা প্রিন্টিং প্রেসকী ইডিটর অমদি মেনেজরনচিংবা মরুপ মপাং পুম্নমকপুদু ঐনা হায়নিঙ্গাই নৈতনা থাগৎচরি।

এন, নোংথোন।

## য়াওকম তাকপা

# মৃদঙ্গ-তবলাগী খুংগং

## ( অহানবা শরুক )

নমস্তস্মৈ গণেশায় য়ক্কণ্ঠ : পুষ্করয়তে ।

'তাল' হায়বা ৱাহৈ অসি 'তল' ধাতুদা য়ঞ্জ নপ-শীল্লগা (প্রত্যয় তোরগা) শেমখিৱনি। মরমদি গীত, ৱাদ্য অমদি নৃত্য (ঈশৈ, অয়েবা অমদি জগোই) হায়রিবা কলা অহুম অসি তালগী মখুংদা লৈ।

'ক্রুত' হায়বদি লমচৎ নিয়ম ৱাইদবা কবিতাবু কবি সমাজ-দা ইকাই খুম্নবিদবগুম, জগোই, ইশৈ, য়েবা, খোংবা অসিসু তাল য়াওদ্রবদি ইকাই খুম্নকম থক ওইদে। ঈশৈ, য়েবা খোংবা অমদি জগোই হায়বসিগা তালগা তংন-থানবা য়াদ্রবা মরী লৈনৈ। মরম অসিনা সংগীত শাস্ত্রনা অসুম্না হায় :—

"গীতং বাদ্যং তথা নৃত্যং ত্রয়ং সংগীতমুচ্যতে"

অসুম্না শাস্ত্রদা তালগী মগুনবু চাউনা থারম্মী।

তাল শব্দস্য নিষ্পত্তি : প্রতিষ্ঠার্থেন ধাতুনা ॥
গীতং বাদ্যং চ নৃত্যং চ ভাতি তালে প্রতিষ্ঠিতম্ ॥

মতম্না ওনবা থবক্কী নাপ—পাদম্ অদুবু 'তাল' কৌই।

"তাল : কালক্রিয়ামানম্" ( অমরকোষ )

মতমগী নাপ তালনা ওল্লি হায়রবদি তালগী অশেংবা শক্লোন করিনো হায়বসি ঐখোয়না শোয়দনমক খঙদবা য়াদ্রবনি। (সংগীত রত্নাকর অমদি সংগীত মকরন্দ য়েংবিয়ু)

## মাত্রা

তালগী তুংকমদি মাত্রানি। মাত্রাশিংনা মতমগী পাদম ওল্লি। কনাগুম্বা মশা কৃৱবা মী অমনা ক, খ, গ, ঙুম্বা হ্রস্বগী ময়েক অমা উচ্চারণ তৌবদা য়াগী শিংলি মিহল অমুক্কং চোংবগী মতম অদুবু

মাত্রা অমা ওইনা লৌগনি। তালগী খোঙ্‌চৎকী মতুংইন্না মাত্রাগী মথল লেপকনি। হায়বদি মশীং অমদগী অমা লানবদা চঙ্‌লিবা মতম অদুমক মাত্রাগী মতম ওইগনি।

## লয়

মাত্রাগী মশীং থীনবগী উপায়দি লয়না ওইগনি। তালগী লয়গী মতুংইন্না মাত্রানা চৎকনি। চৎলিবা মাত্রা অদুবু মশীং থীরগা তাল অদুদা মাত্রা কয়া লৈবগে হায়বদু ঐখোয়না ইরায় লায়না খঙ্‌বা ঙমগনি। অমরকোষনা পল্লি "লয় সাম্যম্" হায়না। মসিগী শব্দোকপা বায়োলদি "করিগুম্বা খোঙথাং অমগা মায়না থাংবা, চৎপা, লেঙ্‌বা অদুবু 'লয়' হায়না কৌই' অসি নি।

শাস্ত্রনা লয়গী মতাংদা অসিমম্ হায়রি :—

"ত্রয়ো লয়াস্তু বিজ্ঞেয়া দ্রুত মধ্যবিলম্বিতা।"

## লয়গী শাজৎ শাওংশিং

বিলম্বিত লয় :—বিলম্বিত লয়গী খোঙচত্তি তপ্পী, মোংহাদে। বড়াবর (মান্নবা) ওই হায়দুনা ঠাটম্ কৌবে।

মধ্যলয় :—লয় অসি পঙ্‌তপম্ তপ্পে, পঙ্‌থুম্ থুদে, ময়ায় ওই।

দ্রুতলয় :—লয় অসি থুনা চৎলি। বিলম্বিত লয়গী শরুক মন্নি য়াঙ্‌খৎনা চৎলি। মসিবু 'তেজ' হায়নম্ খঙ্‌বৈ।

মথক্তা পীরিবা লয়গী মরু ওইবা শাজৎ শাওং অদুম অসিবু মন্নং হুজিন্না অমুক মথল নীপাল খোক্তা খায়দোকপা য়াই। মখোয় অদুদি :- অতিবিলম্বিত, অনুদ্রুত, আড়ী, কুবাড়ী, দুগুণ, তিনগুণ চৌগুণ।

অতিবিলম্বিত :—বিলম্বিত লয়গী 'ঠাট' তগী তংখায় তপথবা খোঙ্‌চৎপু অতি-বিলম্বিত লয় কৌই।

অনুদ্রুতলয় :—লয় অসি দ্রুতলয়দগী তংখায় থুগৎলি। দ্রুতলয়বু শরুক অনী থুগৎনা চৎপদুবু অনুদ্রুত লয় হায়না কৌই।

আড়ীলয় :- লেঙদবা লয় অমদগী শরুক অমা মথায় য়াঙখনবা চৎপা লয় অদুবু আড়ীলয় হায়না কৌই। আড়ীলয়বু 'ডেরগুণ' হায়নসু খঙৈ।

কুয়াড়ীলয় :—লেঙদবা লয়দগী মশুং অমা য়াঙখনবা চৎপা খোঙচৎ অদুবু কুয়াড়ীলয় হায়না কৌই। লয় অসিবু 'সয়াগুণ' হায়নসু খঙৈ।

বিয়াড়ীলয় :- লেঙদবা লয়দগী মশুং অমা হন্থনা চৎপা খোঙচৎ অদুবু বিয়াড়ীলয় হায়না কৌই। মসিবু পৌনেহুগুণী হায়নসু খঙৈ।

দুগুণলয় :—করিগুম্বা লেঙত্রবা খোঙচৎকী মাত্রা অমদা মশিং নত্রগা মাত্রা অনী চলহন্দুনা চৎপা লয় অদুবু 'দুগুণলয়' হায়না কৌই। ইবগী খুদমদি ১ ২ অসিনি।

তিনগুণলয় : -করিগুম্বা লেঙত্রবা খোঙচৎকী মাত্রা অমদা মশিং নত্রগা মাত্রা অহুম/অহুম চলহন্দুনা চৎপা লয় অদুবু 'তিনগুন লয় হায়না কৌই। ইবগী খুদয়া ১ ২ ৩ অসিনি।

চৌগুণলয় :-করিগুম্বা লেঙত্রবা মাত্রা অমদা মশিং নত্রগা মাত্রা মরি চলহন্দুনা চৎপা লয় অদুবু 'চৌগুণলয় হায়না খঙৈ। ইবগী খুদম ১ ২ ৩ ৪ অসিনি।

লয়গী শাজৎ শাওং নৈনবদা বিলম্বিত মধ্য, অমদি দ্রুত হায়বা চাউনা খায়দোকপা শাওং অহুম শূই হায়বসি মথক্তা পঞ্জে। মসিদা অমুক্তা খঙজীনবা য়াবদি মধ্যলয়গী খোঙচত্তি বিলম্বিতকী শরুক অমা য়াঙশিনগনি হায়বসিনি। অদুগা দ্রুত লয়গী খোঙ-চৎনা মধ্যলয়গী খোঙচত্তগী শরুক অনী থুজিনগনি। য়াকম অসি শাস্ত্রদসু মরীক চুয়া পল্লি :-

দ্রুত মধ্যো বিলম্বশ্চ দ্রুত শীঘ্র তমো মতঃ
দ্বিগুন দ্বিগুণৌ জ্ঞেয়ো তস্মান্মধ্য বিলম্বিতৌ ॥

তালনা পামজবা লয়গী মতুংইন্না মাত্রাশিংনা চৎকদবনি। অদুগা

তাল অদুদা য়াওরিবা মাত্রা অদুগুনা তাল ওইগদবনি। খুদম ওইনা দাদরা হায়রিবা তাল অসিদা মাত্রা ৬ লৈ, অদু ওইরদি এখোয় মাত্রা ১ দগী ৬ ফাওবা থীরসি। মদু দাদরা ওইরগনি।

১ ২ ৩ ৪ ৫ ৬

\+ ০

তাল খুদীংমক্তা ভরী (থাজিনবা) অমসি খালী হাইদোকপা) লৈগনি।

ভরী:—তাল অমা য়ৈবা নত্রগা চীন্না হায়রগা তাপ্পা পীবদ' খুবাক্কা হেক হেক থাজিল্লিবা মফম অদুবু ভরী কৌই। মসিবু আঘাত নত্রগা তাল হায়নবু খঙৈ।

খালী:—তাল অমগী তাপ্পা পীদবা মফম অদুবু খালি হায়না খঙৈ। মসিবু অনাঘাত নত্রগা নিঃশব্দ হায়রবদি মখোল থোক্ত-বা হায়নবু খঙৈ।

সম:—লয়গী পোথাফম অদুবু 'সম' কৌই। 'সম' বু ন্যাস হায়-নবু খঙৈ। মসি অয়াম্বা মতমদা তালগী অহানবা মাত্রাদা ওই। মসিদগী হৌরগা চংথিবদুনা অমুক মফম অসিমক্তদা হজিল্লকনি। অস্তুম্না হজিল্লক্লিবা তালগী হৌফম ওইবা অদুবু 'সম' নি হায়না লৌনৈ। করি করিগুম্বদা, একাধ তালদা সম অসি খালী ওইনা লৌবপু য়াওই, খুদম ওইনা রূপক।

## মৃদঙ্গ অমদি তবলাগী

### পয়ল্পা বারোল।

মৃদঙ্গ নত্রগা পখাবজ হায়বসি ভারতকী খ্বাইদগী লিরবা য়ৈনবা যন্ত্রনি। মসি করম্বা মতমদা শাথিবা অমদি য়ৈবা হৌথিবা হায়বদুগী তোঙান তোঙানবা বারী লৈ। ময়াম অদু নৈনকচ্রবপু মসিমতংদি পঙ্গনিংই মদুদি মৃদঙ্গগী মরোল অসি ময়েক ১৬না শেমখিবনি। হায়বদি মৃদঙ্গগী পুংলোল্ল অসি ময়েক

নত্রগা বোল পূর্না ১৬ না শেম্বনি। অসিগুম্না বোল ১৬ না শেম-খিবা ব্রাহ্মৈশিং অদুবু হৌরম অসিদা খণ্ড-হৈরবা মীওই কয়া কয়ানা তালগী মশক ওইরবা ছন্দশিংদা হৈশিংনা লেংশিন্নুনা 'গন্ড' নত্রগা পরণ কৌবা বোল কয়া অমা শেম্লকই। মখোয়শিং অদু হৈ-বনা হকচাংদা মথল কয়াগী কান্নবা কংই হায়না গুরুশিংনা থাজৈ। মতুদগী খোল্লকপা মখোল অদু খোউদোক হেন্দোক্লা মুংশি।

তবলা হায়বা হৈনবা যন্ত্র অসি ভারততা মুস্লীম্মা পানবা, শতাব্দী ১৪/১৫ শুবগী অদুরাইদা পুখোকখিবনি। মাগী বোল (মরোল) দি মৃদঙ্গগী বোলদা য়ুক্কম ওইরগা তোঙান্না শেমখিবনি। তারা তি লগা খোংবা যন্ত্র (তন্ত্র-বাদ্য) ঙৈশৈ অমদি জগোইগা তবলাগা য়াম্না চানৈ অমদি চুশিনৈ। তবলাগী মরোলদি খুংশা-শিংনা খোকহল্লি।

য়াম্না নকুবা মরী লৈনরবস্থ মৃদঙ্গ অমদি তবলা অনিগী খেন্নবস্থ অদুমক লৈ। মৃদঙ্গগীনা ঠাপনা বাজনি, অদুগা তবলা গীনা চাটনা। হৌজিক্কি মতমদদি তবলাগী তশেংবা বাজ অসি তাবা পঙ্ফং ফংদ্রে। মসি করিনা নত্তে, তবলাবু পুঙ, ওইনা হৈনখিবননি। অদুনা মৃদঙ্গস্থু ওইদ্রে; তবলাস্থু ওইদ্রে। অদুনা হৈনরিবা বাজ অসি অমত্তা মশক শেংদ্রে, মিশ্র বাজগী মওংদা চংদ্রে। তবলা অমদি মৃদঙ্গ শিক্ষাগী মরীদা মোরিশ কোলেজ ওফ হিন্দুস্তাণী ম্যুজিক লক্ষ্মৌদা চংনরিবা পথাপ অদু লাইরীক অসিদা নৈনজরি।

মৃদঙ্গ নত্রগা তবলা হৈনবগীদমক্তা পাম্বৈ মরি তঙাই ফদে। মখোয় অদুদি (১) লয় সাধন; (২) তাল সাধন (৩) বোল সাধন অমদি (৪) স্বর সাধন নংত্রগা হস্ত সাধন।

## লয় সাধন

বিলম্বিত, মধ্য নত্রগা দ্রুত লয় অহুম অসিগী মরক্তা অমবু লেঙদনা থম্নগা ওয়থংবা খুংকী খুবাক্তা থুং য়েংকী থুনাউ-বী থম্নগা অঙ্ক ময়েক ১ হায়সি। মথংদা খুনীংথৌ থম্নগা 'অনী'

হায়সি। ১ হায়বদা চঙ্‌থ্রিবা মতম অহু ২ হায়বদস্থ চঙ্‌হনগ-দবনি। অস্থুম্না মথং মনাউ নাইনা খুবী য়াওদনা খুংশা মরিমক থমগনি। চপ মায়বা অকক্লবা মতমদা খুংশা মরি অসি হন্না হন্না মথং মথং থমহুনা তাল অভ্যাস (শায়বা) হৌবা য়ারে।

## তাল সাধণ

করিগুম্বা তালদা, মাত্রাশিংদা খুবাক হেক থাবা মফম অহুদগী আঘাত হৌরো। মসিবু 'তাল' নংত্রগা 'ভরী' হায়ন। কৌই। খালী ওইবা মাত্রাদদি খূবাক থারোইদবনি। মহুগী আঘাত অহাঙ্‌বদা থমগদবনি, খুদোম্বীদা থক থম্লোইদবনি। মহুদি :— ত্রিতাল্দা মাত্রা ১৬ লৈ। অহান্‌বা মাত্রাদা অহানবা তাল, ৫ শুবদা অনীশুবা তাল, ৯ শুবদা খালী অহুগা ১৩ শুবদনা অহুম শুবা তাল, মতম অহুদা অহানবদা তাল থারো, ২শুবা মাত্রাদা ওইথংবা খুদোম্বীদা খুংনীংথৌ থম্মো, ৩শুবা মাত্রাদা খুনাউবী অহুগা মরিশুবদনা খুংয়ায় থম্মু। অহুদগী ৫ শুবা মাত্রাদা তাল থারো। অস্থুম্না মথং মনাউ নাইনা খুংশাশিং থম্লো। মতৌ অস্থুম তৌহুনা 'ভরী' অমদি খালীগী রাখল তৌরগা মাত্রা ১৬ কাওবা থীগদবনি।

| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ১২ | ১৩ | ১৪ | ১৫ | ১৬ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| + | | | | ২ | | | | • | | | | ৩ | | | |

## ত্রিতাল

প্রথম তাল—সম     দুসরা তাল—খালী     তীসরা তাল—
+     ২     •     ৩

মতৌ অস্থুম তৌনা, মাত্রা ১৬ পু ৪ থোক্লা থায়দোক্লগা অহুমশুবা তালি অমসিবু তিনতাল নত্রগা ত্রিতাল হায়না খঙ্‌নৈ।

## বোল সাধন

করম্বা বোলনা করম্বা মফমদগী করম্না থোক্লকই হায়বসি ঔরাইবা মতমদা রাখল মুন্না তৌবা তাই। বোলশিংসি মফম

মতমগ চান-চাননা য়ৈগনি। অহুদগী লম্ন থরা থরা মথং মনাউ নাইনা হেন্জংকনি। অসুম তৌরবদি খোলশিংহু তশেং তশেংনা ফজনা থোকহনবা ঙমগনি। খুত্তা মশানা অহুম লাকচরগনি।

অতোপ্পা খন্থনিঙাই ওইবা রাকম অমনা—করিগুম্বা যন্ত্র অমদা সঙ্গং (য়ৈবা) তৌবা মতমদা খুৎ নত্তনা হকচাংগী করিগুম্বা শরুক অমত্তা থকলেঙখোংপা য়াদে, মরমদি যন্ত্রনা খোংলিবহুগী মতুংইন্না কোক্লুচিংবা লেঙনাং-হাইনাংলক্কনি। মহুনা অয়েংবা অতাবা শিংদা নুঙাইতবা পোকহনগনি।

## খুৎ নত্রগা স্বর সাধন

খুৎ অসি অমুকী মতীক সাধন তৌরগা অহুকী মতীক অশেংবা বোল অমদি মুংশিবা মখোল থোকহনবা ঙমগনি। কদাইদা কয়ামুক কন্না নত্রগা তপ্পা য়ৈরগা করি করম্বা মখোল থোকহনগদগে হায়না খঙবা অহুমক হোংনবগী মহৈ য়ানবনি হায়না লৌবা য়ারে, মারবদি পুঙ্খোল অহুনা তারিবা মীশিংদা তানাংবা পোকহনবা ঙমত্রবদি পুঙ্ য়ৈক্লবগী কান্নবা করি মু লৈত্রে।

## পুঙ্লোন থোক্লবগী নিয়ম

মৃদঙ্গগী মরুওইবা ময়েক তরেৎ লৈ। লেমহৌরিবা মতেং পাংবা নত্তগা মহুৎশিনবা ময়েকশিং অহু পুল্লগা ময়েক ১৬ নি।

মরুওইবা ময়েক ৭ অহুদি য়েৎলোমদগী থোকপা ৫; ওয়রোমদগী থোকপা ২।

য়েৎলোমদগী থোকপা অহানবা ময়েক ৫—তা, দীং না, তি, ট।

ওয়রোমদগী থোকপা অনীশুবা ময়েক ২—ঘ, ক—অহানবা খঙগদবদি, পুঙগী পুঙলোন থোক্লবা মনাউদা মকম অহুম থোক্লা খায়দোক্কনি হায়বসিনি।

হায়রিবা মফম অহুম অদুদি :—চাট, লয় অমসুং মধ্য অসিনি।

চাট :—মনাউগী মথক থংবা মপানগী শরুক অদুবু চাট হায়না কৌই।

লয় :—চাট অমদি স্যাহী হায়বদি কাপকা তাইনবা ময়ায়-থংবা শরুকপু লয় হায়না থঙনগনি।

মধ্য :—পুঙমায়গী কাপ তৈরিবা অদুগী ময়ায় থংবা শরুক অদুবু মধ্য নত্রগা মধ্য স্থান হায়না কৌই।

মৃদঙ্গগী য়েংথংবা পুঙমায়দা লৈরিবা ময়েক মঙা অদুগী মনুংদা অহুমদি হান্না থমগদবনি—অনীনা থাজিনগদবনি। পুঙলোন ফজনা থোকহনগদবনি। অহাঙবা (বন্দ) গী মকমদনা মথোল থোকহল্লোইদবনি।

মথোল থোকহনগদবা পুঙলোন ( খুলে বোল )—তা, দীং, না; মথোল থোকহল্লোইদবা পুঙলোন (বন্দ বোল) - তি, ট।

তা :—মনাউদা তৈরিবা কাপ ( স্যাহী ) কী মথকলোমগী তংখায়দা খুৎশা পুম্নমক চপ তিংনা শুপচিল্লগা খুবাক পুল্লপ্লা থাজিল্লগা থুনা থাদোকপদা 'তা' হায়রিবা খোন্থোক অসি থোকনি। মতমসিদা খুৎনীংথোদি খুদোল লোমদগী খুবাকী মধ্য থংবা শরুক কাপ তৈরিবদুগী মপান্দা থমগনি। মসিবু অতোপ্পা মিংদা 'থাপ' হায়নস্থু থঙনৈ।

দীং :—খুৎশাশিং অদু পুনশিল্লগা খুবাক তিংনা খুবাকী শরুক তংখায় অমনা চাট তা য়াংনা থাগদমনি। মতম অদুদা 'দীং' হায়বা খোন্থোক অসি থোকনি।

না :—চাট তা খুদোক্কী মতোন্না থারগা 'না' খোন্থোক অসি থোকনি।

তিঃ— থুংয়ায় অমদি থুংনিংথৌ অনী তিন্নরগা কাপকী ময়ায় থংবা শরুক্তা নমদুনা য়ৈগনি অদুবু মখোলদি থোক্লরোই মরমদি মসি মখোল থোক্লোইদবা পুঙ্লোল (বন্দ বোল) নি

ট ঃ— কাপকী ময়ায়দা থুদোনবী নপ্পগা য়ৈগদবনি। য়ও থংবা পুঙ্গীগী পুঙ মায়গী থুংনা বোল অনি থোকহনগনি। অমনা মখোল থোকহনগনি অদুগী অমনা থোকহল্লোইদবনি।

মখোল থোকহন্দবা (খুলা) ধা য়েংলোমদা 'দীন' থোকপগুম ওইরোমদা 'ধা' থোকনি।

মখোল থোকহনবা (বন্দ) ক :— কাপকী মখা থংবা শরুক্তা থুংশা মরি পুনশিল্লগা থুং ফানা য়ৈগনি ; মখোলদি থোকহললোইদবনি।

## মচুংশিনবা ময়েক

### (প্রতিনিধি অক্ষর)

মৃদঙ্গগী অশেংবা মরোলগী ময়েক ৭ লৈ হায়বগী মথক্তা হায়খ্রে। মখোয় অদুতা নত্তনা অতৈ মচুংশিনবা ময়েক থরম্মু দয়কার ওই। করি করিনো য়েংসি —মৃদঙ্গদি, অহানবদা পুঙ-লোন দীন্দা হায়রগা তপ্পা হোৗগনি। করিগুম্বদা চীন্না হায়-দোকপদা মুঙাইভবা মরোলস্সু য়াওই। খুদম ওইনা— ধুমকিট ; মসিগী অশেংবা মশক্তি 'গদিংতিট' মসি থুনা হায়বা মুঙাইতে ; মরম অদুনা মসিগী মচুংশিনবা ওইনা 'ধুমকিট' হায়বা মরোল অসি লাকপনি। মসি ওইরবদি থুনা হায়বা ঙমলগনি। মতৌ অম্মুম্না 'তিরকিড়কতা তিরকিড়' হায়রিবা মরোল অসিগী অশেংবা শক্তমদি 'ত্তিটকত্তিটকত্তা-ত্তিটকতি' অসিনি'। চীন্দা অম্মুম হায়রগা কনানা হেন্না মুঙাইনা থোকপগে হায়বচু য়েংসি। অম্মুন্না', ময়েক-শিংগীদমক্তা মচুংশিনবা ময়েকশিংস্সু লৈতবা য়াদে।

অশেংবা ময়েক্কী মকম অচুম লৈজে, অদুবু অতোপ্পা ময়েক খরম্তু অশেংবা ময়েক্তগী থোক্লকই ; মরম অদুনা মখোয়বু 'মচুং শিনবা ময়েক' হায়না কৌই।

করিগুম্বা বোল অমগী মচুক্তা লাকপা অদুবুম্তু মচুংশিনবা বোল হায়না কৌই। খুদম ওইনা—গা, ক কা, তাং, ভাং, লাং মখোয়শিং অসি 'তা'গী মচুংশিনবা ময়েক্কি হায়বদি মখোয়গী মরোল 'তা' গী মতোপ্পুম্না থোক্লকনি।

দিং, তি, ম, থুং— ময়েকশিং অসি দীং'গী মচুংশিবন'ন। মরমদি মখোয়শিং অসি 'দীং' থোকপা মফমদগী থোক্লকনি।

'রা' মসিনা 'না' গী মচুংশিনবনি 'না' থোকপা মফমদগী থোক্লকনি।

কি, ত, ড় ক তত, দিত মখোয়শিং অসি 'তি' গী মচুং শিনবা মরোলনি। তত অমম্তুং দিত হায়বসি তি গী মচুংশিনবা মরোলনি। তত অমম্তুং দিত হায়বসি 'তি' গা মান্নবা য়ৈ। অদুবু 'তি' হায়বসিদি থুং হাংনা য়ৈ অদুগা 'তত'. 'দিত' না কন্না নপ্লগা য়ৈ।

র, রি ত—মখোয়শিং অসি 'ট' গী মচুংশিনবনি।

গ, গে, গি, ঘ, ঘে, ধু, লা—মখোয় অসি 'ঘ গী মচুংশিনবনি ওয়রোমদগী থোকনি।

কা, কত, কিঃ ভক—ময়েকশিং অসিম্তু ওয়রোমদগী থোকপা 'ক' গী মচুশিনবনি হায়বদি 'ক' গী মতোপ্পুম্না থোক্লকনি।

য়েং অমদি ওয় তিমরগা শেম্বা ময়েক ধাঃ—য়েক্পুগী 'ডা' অদুগা ওয়রোমদগী 'ঘ' অনী অসি পুল্লগা 'ধ' থোকই।

ধীঃ- য়েংকী 'দীং' অমম্তুং ওইরোমদগী 'ঘ' অনী পুন্না য়ৈরগা থোকই।

ধেত, ধি, ধৈ :—য়েংকী 'তি' অমম্তুং ওইগী 'ঘ' পুন্না য়ৈরগা থোকই। বোল অসি কাজিল্লগা থোকহনগদবনি।

ধে :—য়েংথংবা খুদোনবীনা 'ট' অমদি ওয়দা 'ঘ' ঘ অনি অমুক্তদা য়ৈরগা 'ধে' থোকই।

## অপুনবা ময়েক
### ( সংযুক্ত অক্ষর )

কড়—খুং ওয়না মক্কদা 'ক' অহুগা য়েংনা মনাউদা 'ড়' হায়বা মথং মনাউ নাইনা থোকহল্লু। মহুদা 'কড়' থোক্কনি। 'কড়' গী অশেংবা শক্তমদি 'কত্তি' ওইগনি।

'ত্র' :-কাপকী ময়ায় থংবা শরুক্তা খুংনীংথৌ, খুংয়ায় অমদী খুদোম্বীনা অমগী মথংদা অমা মথং মনাউ নাইনা থুনা য়ৈ-শিল্লগা 'ত্র' হায়বা মখোল অসি থোক্কনি।

'ত্রক' :—'ত্র' গী মথংদা খুংনীংথৌ অমদি খুংয়ায় পুন্না 'ত্তি' গী মফমদা য়ৈগনি।

## মশক কায়বা ময়েক অমসুং চৎনবী

ঈশৈগী অশেংবা স্বর তরেৎ লৈবগুম পুঙ্গীস্থ অশেংবা অমদি মকুওইবা ময়েক ৭ লৈ হায়ব্রে। ঈশৈদা ষড়জ অমদি পঞ্চম হায়বসি লেঙ্দবনি, মশক কৈদৌঙৈদস্থ হোংদে। অহু-গুম্না মৃদঙ্গদস্থ ঘ, ট, ত্তি অমসুং দীং হায়বা ময়েক মখি অসি লেঙবা য়াদে। ঈশৈগী স্বর ষড়জ অমসুং পঞ্চম নত্তবা অতৈ স্বর ৫দি লেঙবা নত্রগা মশক হোংবা য়াবগুম মৃদঙ্গী ঘ, ট, ত্তি অমসুং দীং নত্তবা অতৈ লেমহৌরিবা ময়েক পুম্নমক হোংবা নাই; খুদোং চাবগী মতুংইন্না অতোপ্পা মফমদগীস্থ থোক্লকই। ঈশৈদা শুদ্ধ স্বরশিং মশক কায়রে হায়দুনা অতোপ্পা স্বর অমগী মফমদা থক লৈবা য়াদে? মন্থংশিনবস্থ য়াদে। অনৌবা মকম অমা শেম্মী। মহুনা, মতম পুম্বদা ময়ামদগী তোঙাম্না লৈ। অহুবু, মৃদঙ্গগী ক, ত, ন ময়েক অহুম অসিদি মশক কায়গ্রবস্থ মখোয়গী হম্নাগী মকম অহু থাদোক্লগা অনৌবা মকম অমা হেক্তা লৌবা ঙমই। খুদমদি 'কত' হায়বা পুঙ্লোন অসি 'তক' হায়না লৌনৈ। 'ত' স্থ খুবাক্লা ঠাপ ওইনা অহুগা 'ক' না শুদ্ধ 'তক ওইগনি। অস্থুম্না য়ৈত্রবস্থ শুদ্ধ কত য়ৈয়গা তক

হায়না অহুম লৌই। অহুনা মশক কায়রবা ময়েকশিংবু অমনা অমগী মহুৎ শিনবা ওইনা লৌরৈ। 'তিট' হায়না রৈয়রগা কিট হায়না লৌবগী চৎনবস্মু লৈ। অহুগা ময়েক খরদি মশক হোংহুনা অহুম চৎনগ্রে। মহুদি ত, ড়, ক ন, থুং অসিনচিংবসি অতৈ ময়েক কয়ামকমগী মহুৎশিনবনি। মসিদা খোইদোক্না চিংননিংঙাই লৈতে।

পুঙ্লোনগী হায়খ্রিবা ময়েক খরানা হোংদোক হোংজিন তৌবা য়ারিবসিগী মরম লৈতবা নত্তে। বরুওইবা মরম হায়ববু রৈয়বদা লায়না অমদি মুঙাইনা খোকপা অসিনি। রৈয়নরিবা মরোল পূর্ণমক অসি ময়েক ৭ তগী খোকখিবা ঙাক্কনি। অহুবু, ময়েক ৭ অসি নত্তবা লেমহৌরিবা ময়েকশিং অহু খঙ্বা ঙমদ্রবদি মৃদঙ্গগী বোলদা মুংশিবা খোন্থোক খোকহনবা য়াগনি। পুঙ্লোন পাকথোক চাউখোকহনবস্মু লুগনি।

## অশেং অশেংনা মহুৎশিন্বা

দীং, ভিন, ম — মখোয়শিং অসি 'দিং'গী অশেং অশেংব মহুৎশিনবা ময়েক্কি; মরমদি রৈয়বা মতমদা মকম অহুদগী হায়রিবা ময়েকশিং অসি খোক্কনি।

লাং, তাং, ভাং — মখোয়শিং অসি 'তা' গী মহুৎশিনবা ময়েক্কি। 'তা', ( ঠাপ ) কী মকমদা রৈগনি।

কি, তত, দিত,— মখোয় অসিনা 'তি' গী অশেংবা মহুৎ শিনবনি।

র — 'ট' গী অশেংবা মহুৎশিনবনি

কত — 'ক' " " "

য়া—'ন' " " "

গ, গে, গি, ঘে ঘি ধু, ধিং — মখোয় অসিনা 'ঘ' গী অশেংবা মহুৎশিনবনি। হায়বদি, অশেংবা মহুৎশিনবা ময়েক থুদিংমক

মখোয় মখোয়গী হৌরককম ময়েক অহুমগী থোক্লকপা ওংকনি। কাঙ্উরোইদবা অমনা, লেমহৌরিবা ময়েক খুদিংমক মকম কয়াদগী থোক্লকপনি মখোয়শিং অহুগী মরমদা মথাদা শম্নপ্না তাক্নি। মসি খংলেবদি য়েঁবদা য়াম্না লায়না থোকনি।

শেংদোকপাঃ— তকিটতকা হায়বসিগী অশেংবা শব্দমদি কত্তিটকত্তা ওইগদবনি; অদুবু মহুৎশিনবা ময়েক্কি হায়না লৌবদগী ক গী মকমদা 'ত'; 'ত্তিট' গী মকমদা কিট, ক গী মকমদা 'ত' অদুগা 'ত্তা' গী মকমদা 'কা' লৌরকপনা 'তকিটত কা' হায়বসি ওইরে। মসিদা করিগুম্বা 'ত্তিট' হায়মসি মবৈদা হাপচিন্নবদি 'তকিটতকা কিট' ওইরগনি।

'ত্তিটকত'— শেংনা য়েঁগনি, মসিবু 'কিটতক' অমদি 'কিড়তক' হায়নম্ম কৌই।

'গদিগন'— 'ঘ' গী মকমদা গ, 'দিন' গী মকমদা 'দি' 'গ' 'ন' গী মকমদা; 'ন' কাপকী মথক থম্না কানা খুংনাউবী থাদোক্লগা খুংশা অহুম পুন্না, য়াংনা য়েঁয়গা থোক্লগনি।

কত তত —শুদ্ধনি। মসিবু তক তক হায়নম্ম লৌবৈ। তির কিড়তকত্তা-ত্তিটক ত্তিটকত্তা গী মহুৎশিনবনি. ত্তিট গী মকমদা তির; ক গী মকমদা কি, ত্তি গী মহুত্তা ড় অমদি ট গী মকমদা ত ওইরে। অয়োইবগী ক অমম্মুং ত্তা শুদ্ধ ওইনা থোক্লকনি; মতৌ অম্মুম্না তির ক্রিড়তকত্তা য়েঁগনি।

ধুমকিটঃ— ময়েক অম্বিদা 'ধু' হায়বসি 'ঘ' গী মকমদা য়েঁগনি অদুগা 'ম' না 'দি' গী মকমদা; অদু ওইরবদি 'ধুম' থোক্লে। মথংদা কিট না শুদ্ধ 'ত্তিট' গী মকমদা য়েঁরে, অম্মুম্না পুন্নপ য়েঁরবদি 'ধুমকিত' হায়বসি থোক্লগনি।

তকাথুংগাঃ— শুদ্ধ 'কত্তা ঘিত্তা' গী মহুৎশিনবা ময়েক্কি 'তকা থুংগা'। ওয়-তৈনবদা 'তকা থুংগা' ওইবা তাঁরগনা শুদ্ধ কতঘত্তা থোকদি; 'তকথুং' তমক ওইরগনা 'কতথা' হায়না য়েঁগনি।

'তকখেতথা' – মসিবু শুদ্ধ 'কতি খেত থা' হায়না য়ৈগনি। মচুৎ-শিনবা ময়েক্তা ওইরক্লিবা না 'ক'না 'ত'; 'তি'না 'ক' য়েংবী পুঙ্-মায়দা খুদোম্বীনা 'ট' গা কোমনা ওইগী পুঙ্মায়দা 'থ' অমুক্তদা খোকহল্লবদি 'খেত' ওইরে; মতৌ অসুম তৌনা 'তকখেত হায়বা মরোল অসি খোক্লে থা হাপচিল্লগনা তক থত থা ওইগনি।

খঙ্জিনবা য়াবা অমনা, 'তকখেত' য়ৈবগুম্না 'কিড়খেত' হায়বসি য়ৈগনি।

কড়থা— ক-না শুদ্ধনি; 'তি' গী মফমদা 'ড়' য়ৈসি অতুগা 'থ' হাপচিল্লবদি 'কড়থা' হায়বসি ওইরগনি। 'কড়' 'কিড়' অনি অসি করিগু খেন্নবা লৈতে। মরম অসিনা 'কড়থা' সি 'কিড়থা' হায়না হায়কন্নু য়াই। 'কতথা' সুনি. চপ-মায়ে। 'ঘিন তিরি কিড়ি তক' শুদ্ধ ওইনা ঘ, তিট. কতি টক য়ৈসি অচু ওইরবদি 'ঘ' গী মফমদা 'ঘিন' ওইরগনি 'তিট' গী মফমদা 'তিরি', 'ক' গী মফমদা কি; 'তি' গী মফমদা 'ড়' ট গী মফমদা 'ত' অতুগা 'ক' গী 'ক' ওইর-গনি। মতৌ অসুম্না 'তিরি কিড় তক হায়বসি খোক্লগনি।

'তির কিড়তক' অমদি 'তিরকিটতক' হায়বা ময়েক অনী অসি করিস্তু খেন্নবা লৈতে।

কিড়না— 'ক' গী মফমদা 'কি' ওইরে অতুগা 'তি' মফমদা ড় পারে (মতাং অসিদদি 'তি' নত্রগা মচুৎশিনবা 'ড়' সি কাপকী ম-থক ওইরপ্পা য়ৈগনি) 'না' বুনা খুদোম্বীনা চাঠতা য়ৈরগা খোক-হনগনি। অসুম্না, 'কিড়না' হায়বসি খোকহনগনি। 'কিড়না' দা য়াওরিবা 'না' অসি অপীকপা 'না' নি। 'কিড়ন' দা শুদ্ধ 'ক' হা-পচিল্লগা 'কিড়নক' ওইরে; 'গ' হানচিল্লগনা 'কিডনগ' ওইরে। 'ঘিডনা' বু 'ঘিডনগ' হায়না য়ৈগনি।

কতান:– শুদ্ধ ওইনা য়ৈগনি। 'কিলান' নত্রগা 'কডান' য়ৈবগুম য়ৈগনি।

ঘিতান— শুদ্ধ ওইগনি। থিতান, ঘিড়ান, ঘিলান অমদি ঘড়ান য়ৈবগুম্না য়ৈগনি। মরোলশিং অসিগী মথাঙ্দা 'ন' লৈত্রবদি কাপকী মপান্দ গদিগন দা ন য়ৈবদোনা য়ৈগনি।

কড়ান গী মশক অনীমক (কড়ান নত্রগা ক্‌ড়ান) দরকারগী মতুং-ইন্না শীজিন্নবা য়াই।

থুং-থুং—ময়েক অনী অসি ঘ অমস্তুং দিংগী মকমদা হায়গনি, খুদোংচাবা য়েংগনি।

ধান—মসিগী ন অসিস্তু গদি-গন গী না মতৌগুম্না য়ৈগনি। ভঘিন্ন:—মসিগী ন অসিস্তু গদি গন গী না মতৌগুম্না মতমগী মতুংইন্না চাঠভ য়ৈনৈ। ভ শুদ্ধ ওইগনি অহুগা 'ঘি' না 'ঘ'গী মকমদা য়ৈগনি। তঘিন্ন হায়বগা তগিন্ন হায়বগা অসি কয়িস্তু খেন্নবা লৈতে।

ত কিন—ত শুদ্ধনি। 'ক' গী মকমদা 'কি' অহুগা 'ন' না তাঘিন্ন গী 'ন' গী মকমদা য়ৈগনি।

ননান—চাঠ তা খুংয়ায়গা খুনীংথৌগা নপ্পগা 'ন' থোকহনগনি, অহুগা অমুক খুংদোম্বীনা 'না' গী মকমদা না থোকহনগনি। অকোনবগী ন' অসিস্তু অহানবগী 'ন' শুম্না থোকহনগনি। পুল্লপ্না 'ননান' ওইরগনি। অস্তুম্না তরান তড়ান য়ৈগনি।

মথক্তা পনপ্রবা পুঙলোনশিং অসিগী মকম হায়গ্রে। অহুনা নীংথিনা খম্বরগা মরোল য়াম্না শেংনা পুঙ্‌লোনশিং অসি চেক-শিন্না য়ৈসি। মরোল্লশিং অমদি খুংকমশিং অসিবু নীংথিনা খঙ্‌-লবদি ভুংদা থেংনরকদবা মরোলশিং য়ৈবদা লায়না থোক্লগনি।

## মৃদঙ্গ অমদি তবলাগী স্বর শেম্বা

যন্ত্রশিংগী মমায়গী অকোয়বা অসি শরুক ১৬ থোক্না থায়-দোকই। মখোয়শিং অসিদা মরী কারী। (মরীদি শউন্না, রেশম্না নত্রগা লংনা ওইবা য়াই। মাঙদা লৈরিবা শরুক অমা, অহুদগী য়েং থংবগী অমা, মহুগা থংনবা মথং অমা অমুক স্বর অমদা চানবা শেমগ্রবদি মথং মথং স্বর থুনা চায়কনি। শরুক ১৬ অসি স্বর

অমত্তদা লৈহনগনি। মনাড়িনা স্বর চারবদি স্বর অহুবু ময়ার থংবা সপ্তকী ষড়জনি হায়না নিংলগা মহুদগী স্বর ৭ নেমথনা খ্বাইদগী নেম্বা ( মন্দ্র ) সপ্তকী ষড়জদা মন্দ্র অহু শেমগনি। মৃদঙ্গগী মরূদি অাটা হাপ্লগা স্বর শেম্বৈ। অাটা য়াম্না হাপ্লগা স্বর নেমথরক্লনি। অাটা লোথোক লোথোক্লগনা স্বর য়াংখৎলক্লনি।

খঙ্জীনগদবা : - তবলগী মরূদ কাপ থানৈ : করি করিংগুমদা অাটা হাপ্লস্থ য়াওই।

## মৃদঙ্গ (পখাবজ) গী ঠেকা বোল

### (সাধ)

"ধ্রুপদ" চৌতাল

চৌতাল মাত্রা ১২ না শাবা তালনি। মসিদা তালি ৪ খালি নত্রগা কাক ২ লৈ। বিভাগ (কাভুপ) ৬ থোক্না খায়দোকই।

১২ | ৩ ৪ | ৫ ৬ | ৭ ৮ | ৯ ১০ | ১১ ১২
x | ০ | ২ | ০ | ৩ | ৪

তাল অসি ধ্রুপদ নত্রগা ধ্রুবপদা কৌনৈ। ধ্রুপদ কী ঈশৈ শকপদা য়ৈনৈ। মসিবু 'স্থুর তাল' হায়নস্থ কৌনৈ।

ধা ধা | দিন তা | কিট ধা | দিন তা | তিত কতা | গদি গন
x | ০ | ২ | ০ | ৩ | ৪

ধা ধা | দিন তা | তিতকতা গদিগান | ধাদিন Sতা | Sধা দিনতা
x | ০ | ২ | ০ | ৩

| তিত কত্তা গত্তিগন
| ৪

সাধ (১)

ধা দিন | ধা কিট তাকি ততা | কা কিট | তক তক | ধুম কিট
x | ০ ২ | ০ | ৩ | ৪

তাকি ততা | কা কিট | তক ধুম | কিট ধুম | কিট তক | গদি গন
x | ০ | ২ | ০ | ৩ | ৪

## সাথ (২)

ধাগি ভিভা | গদি গনা | নাগ ভিভ | গদি গন | ধাগি তিভ
x | • | ২ | • | ৩

কত কত

গদি গন | ধাগি ভিভা | তকি তত্তা | গিন ধাগি | তিভা কত
x | • | ২ | • | ৩

| গদি গন
৪

## সাথ (৩)

ধাS কিত | তাকি তত্তা | কাS কিট | ধুম কিট | তাকি তত্তা |
X | • | ২ | • | ৩

কাS কিত |
৪

ধুম কিত | তাকি তত্তা | কাS কিট | তক ধুম | কিত তক |
X | • | ২ | • | •

গদি গন
৪

## মুখড়া (৪)

ধাগি ভিভা | তাগি ভিভা | গদি গন | নগ তিভা | ভিত কভা |
x | • | ২ | • | ৩

গদি গন
৪

ধা ধা | ভিত কতা | গাদি গন | ধা ধা | তিভা কতা |
X | • | ২ | • | ৩

গদি গন
৪

## সাথ (৫)

ধাকি টধা | কিট ক্রাধা | কিট খিত | তক তিভা | ধাকি তত্তা |
X | • | ২ | • | ৩

গিন ধাতির
৪

কিড়ঃধি কিট | ক্রাধা কিট | তাকি তত্তা | গিন ধাগি |
x | ৩ | ২ | •

দিংগ নধা | তিতাকত্তা গদিনগন
• | ৪

সাথ (৬)

ধাকি তত্তা | গিন ধাতির | কিড়ধি কিট | ধুম কিট | তিরকিট
X | • | ২ | 0 | ৩

তকত্তা | গিন ধাগি
| ৪

তিত্তা ধাতির | কিড়ধি কিট | তিরকিট তকত্তা | গিন ধাগি |
x | • | ২ | •

তিত্তা ধাকি | তধা ঽনা
৩ | ৪

মুখড়া (৭)

ধাকিড় তকধি | কিট তিরকিট | তকত্তা গিন | ধাগি তিত্তা | ধিত্ত কিত্ত
X | • | ২ | •

তক ধুম
৪

কিট তাক | গাদি গন | তিকাকত্তা গদিগন | ধাথুঁ তিতাকত্তা |
X | • | ২ | •

গদিগন ধাথুঁ | তিতাকত্তা গদিগন
৩ | ৪

সাথ (৮)

ধাকি টধা | কিড়তক ধিকি | তত্তা গিন | ধেত্তা গদি |
X | • | ২ | •

গন দিনগ | ননা তিত্তা
৩ | ৪

কত্ত কত্ত | কত্তি তত্তা | গিন ধাগি | তিত্তা ক্রধা | কিট ধাকি |
x | • | ২ | • | ৩

টধা ঽনা
৪

## পরন (৯)

ধাগি তিত্তা | ক্রাধা কিট | ধুম কিট | নগধে ১তা | গিন ধগি
x | ০ | ২ | ০ | ৩

তিত্তা তকি
৪

টধি কিট | তিতা তিতা | তিত্তা গিধা | ১না তক্কা | থুs থুs
১ | ০ | ২ | ০ | ৩

কিড়তক গদিগন
৪

## পরন (১০)

ধাক্রা তকধি | কিট ধাক্রা | তকধি কিট | তিড়কিট তকতা |
x | ০ | ২ | ০ |

গিন ধাগি | তিতা ধিতা
৩ |

ধাগি তিতা | ধাগি তিতা | ধিত ধিত | কত তকধুম |
x | ০ | ২ | ০ |

কিড়তক গদিগন | ধাকি টধা
৩ | ৪

১না ধাকি | টধা ১না | ধা তকধুম | কিড়তক গদিগন | ধাকি টধা
x | ০ | ২ | ৩ | ০

১না ধাকি
৪

টধা ১না | ধা তকধুম | কিটতক গদিগন | ধাকি টধা | ১না ধাকি
x | ০ | ২ | ০ | ৩

টধা ১না
৪

## "ঝাপ তাল"

ঝাপ তাল হায়বসি মাত্রা ১০ না শাবা তালনি ; তালি ৩, খালি ১নি। বিভাগ ( কাতুপ ) ৪ নি।

১ ২ | ৩ ৪ ৫ | ৬ ৭ | ৮ ৯ ১০
x | ২ | ০ | ৩

## সাথ (১)

ধা ঽ | ধা গি তি | ট ক্রো | ধা কি ট
x | ২ | ০ | ৩

ধাগি তিতা | কতা গদি গন | নাগ তিতা | কতা গদি গন
x | ২ | ০ | ৩

## সাথ (২)

দিন দিন | তিতা তিতা ধাগি | তিতা ঘিঘি | তিতা ধুম কিট
x | ২ | ০ | ৩

গনি গন | নাগ তিতা ক্রোধা | কিট তিতা | কতা গন গন
x | ২ | ০ | ৩

## সাথ (৩)

ধাঽতক্কা | ধুগা ধাগি দিগি | তা তির কিট | তকতা তিতাকতা
x | ২ | ০ | ৩

গদিগন

## রবল নত্রগা রেলা (৪)

ধাতির ঘিড়নগ | তিরকিট তকতা নগতির | কিড়তক তিরকিট |
x | ২ | ০

তকতা তিতকতা গদিগন
৩

## সাথ (৫)

ধাকি তত্তা | গিন ধাতির কিডধি | কিট ধাধা | কিট ক্রোধা কিট
x | ২ | ০ | ৩

ক্রোধা কিট | তিতা ধাতির কিড়ধি | কিট তিরকিট | তকত
x | ২ | ০ | ৩

তিতকত্তা গদিগন

## মুখড়া (৬)

ধাগি তিতা | ঘিড় ধুনা খেত | তা তিত | কতা গদি গন
x | ২ | ০ | ৩

ধা তিতা | কত্তা গদি গন | ধু তিতা | কত্তা গদি গন
x | ২ | ০ | ৩

## মুখড়া (৭)

ধাঽকিড় | তকধি | কিত খিত্ খিত | তাঽ খিতা | তাঽ তিতকত্তা
× | | ২ | ০ | ৩

গদিগন

ধাঽ খিত | তাঽ তিতকত্তা গদিগন | ধাঽ খিত | তাঽ তিতকত্তা
× | ২ | ০ | ৩

গদিগন

## মুখরা (৮)

ধাঽ কিত | তাকি তত্তা কাঽ | কিট ধুম | কিট তাকি তত্তা
× | ২ | ০ | ৩

কাঽ কিত | তক তক ধুম | কিট তাকি | তত্তা কাঽ কিট
× | ২ | ০ | ৩

তির কিট | তক তা তিতা | কত্তা গদি | গনা ধা ধা
× | ২ | ০ | ৩

তিত কত্তা | গদি গন ধা | ধা তিতা | কত্তা গদি গন
× | ২ | ০ | ৩

## মুখড়া (৯)

ধাকিড় তকধি | কিট তিরকিট তকতা | গিন ধাগি | তিতা তকধুম
× | ২ | ০ | ৩

কিট তক | গদি গন নগ | তিতা ক্রধা | কিট ক্রধে ঽধা
× | ২ | ০ | ৩

কিট ক্রাধে | ঽধা কিট তিরকিট | তকতা কত | ধাকি টধা ঽনা
× | ২ | ০ | ৩

ধা কত | ধাকি টধা ঽনা | ধা কত | ধাকি টধা ঽনা
× | ২ | ০ | ৩

## তিশ্র জাতী ১০

তক্কা ধিকিট | তাকিট তাগিন ধাতিরকিট | ধিকিট ধিকিট
× | ২ | ০

তাগিন ধাগঽ দিগন
৩

নগনা নাতিতা | ধিকিট তাগিন ধা | ধিকিট তাগিন |
x ২ ০
ধা ধিকিত তাগিন
৩

"তিন তাল"

ধা ধি ট ধা | গি ধি ট ধা | ক তি ট তা | তিতা কত্তা গদি গনা
x ২ ০ ৩

সাথ (১)

ধাগি তিতা ধাগি তিতা | ক্রধা কিট ক্রধা কিট | ধাকি তত্তা
x ২ ০
গিন ধাগ | দিগ নধা | তিতকত্তা গদিগন
৩

সাথ (২)

ধাকি তত্তা গিনা ধাতির | কিড়ধি কিট ক্রধা কিট | ধাধা
x ২ ০
দিট ধাকি তর্ত্তা | গিন ধাকি টধা sনা
৩

সাথ (৩)

ধাকিড় তকধি কিট ধিত | sতা গিন ধাগি তিতা | কত কত
x ২ ০
কতি তত্তা | গিন ধকি টধা sনা
৩

সাথ (৪)

ধিত ধিত তক তক | তাকি টধি কিট কিট | গদি গন নগ তিত
x ২ ০
| ধিত ধিত কিট তক
৩

তিতা কত্তা গদি গন / ধা ধা গ তিতা কত্তা | গদি গন
x ২ ০
ধা ধা | তিতা কত্তা গদি গন
৩

## সাথ (৫)

ধাগি তিত্তা তক তক | তাকি টক তকি তিত্তা | তকি টধি
x ২ ০
কিট ধুম | কিট তক গদি গন
৩

নগ তিত্তা তকি টক | তক তিত্তা তক তক
x ২
| ধুম কিট তক ধুম | কিট তক গদি গন
০ ৩

## সাথ ( ৬ )

তির কিট তক তক | তকি তিত্তা গিন নগ | নগ তিত্তা
x ২ ০
ঘিঘি তিত | ঘিঘি তিত্তা কত কত
৩

কতি তত্তা গিন্না ধাগি | তিওা কত্তা গদি গন | তির কিট
x ২ ০
তক তা | তিত্তা কত্তা গদি গন
৩

## রেলা (৭)

ধা তির কিট তক | তির কিট তক তা | নগ তির কিট
x ২ ০
তক | তির কিট তক তা
৩

## সাথ (৮)

ধাকি টধা গদি গন | নতি তিত্তা গদি গন | ধগি তত্তা গিন
x ২ ০
ধেৎ | কত্তা ধেত তিতাকত্ত গদিগন
৩

ধাগি তিত্তা ধাগি তিত্তা | ক্রেধা কিট ক্রেধা কিট | কিট
×　　　　　　　　　　　২　　　　　　　　　　　০

কিড়নগ তিরকিট তকতা | তিত্তাকত্তা গদিগন
　　　　　　　　　　　৩

## মুখড়া (৯)

ধাগি তিত্তা ধাগি তিত্তা | ক্রেধা কিট ক্রেধা কিট | কিট কিড়নগ
×　　　　　　　　　　　২　　　　　　　　　　　০

তিরকিট তকতা | তিত্তাকত্তা গদিগন ধাs তাs
　　　　　　　৩

ধাs কিড়নগ তিরকিট তকতা | তিত্তাকত্তা গদিগন ধাs তাs
×　　　　　　　　　　　　২

ধাs কিড়নগ তিরকিট তকতা | তিত্তাকত্তা গদিগন
০　　　　　　　　　　　　৩

ধাs তাs | ধা
　　　　×

## মুখড়া (১০)

ধাsকিট তকিতত্তা কাsকিট তকধেত | sতা তক্কা থুঁগা তকতিত্তা
×　　　　　　　　　　　　　　　২

কতগদি গনধা ধাতিত্তা কতগদি | গনধা ধাতিত্তা কতগদি
০　　　　　　　　　　　　　৩

গনধা

## "তেবরা"

তাল অসি মাত্রা ৭ না শাই ; তালি অমদি বিভাগ ৩/৩ নি।

১ ২ ৩ | ৪ ৫ | ৬ ৭
×　　　 ২　　 ৩

ধা দিন তা | তিতা কত্তা | গদি গন "
×　　　　　২　　　　　৩

## সাথ (১)

ধাকি টধা কিট | ধাধা কিট | কিটধা কিট
×　　　　　　　২　　　　　৩

ধাকি তত্ত' গিন | কতি তধা | তিত্তাকত্তা গদিগন
×　　　　　　　২　　　　　৩

## সাথ (২)

ধাগি তিত্তা ধিত | ধগি তিতা | কিড়ধা কিট
× | ২ | ৩

কিড়ধা কিট কিট | তিরকিট তকতা | তিত্তাকত্তা গদিগন
× | ২ | ৩

## রেলা (৩)

ধাগি তিত্তা তক | তক তকি | টক তক
× | ২ | ৩

তিত্তা তক ধুম | কিট তক | গদি গন.
× | ২ | ৩

## সাথ (৪)

ধাগি তিতা গিন | ধাগ দিগ | নগ তিতা
× | ২ | ৩

কিড়ধা কিট ধাগি | তিত্তা ধাকি | টধা ঽনা
× | ২ | ৩

## মুখড়া (৫)

ধাগি তিতা তিতা | ক্রধা কিট | ধুম কিট | তক তক ধুম
× | ২ | ৩ | ×

কিট তক | গদি গন
২ | ৩

ধা তক ধুম | কিট তক | গদি গন | ধা তক ধুম
× | ২ | ৩ | ×

কিট তক | গদি গন
২ | ৩

## সাথ (৬)

ধাঽ কিট টধা দিতা | কিড়ধা দিতা | তিত্তাকত্তা গদিগন
× | ২ | ৩

ধাঽকিট তকিটতা কাতি | তকধেং ঽতা | তিতাকত্তা গদিগন
× | ২ | ৩

### মুখড়া (৭)

ধাঃতির কিটতক তিরকট | তকতা কতা | ধিধি দীনঃ
x | ২ | ৩

ধাদিন ঃ ধাঃতির | কিটতক কতা | দিত ধা |
x | ২ | ৩

কিড়তক গদিগন ধা | কতা দিত | ধা কিড়তক
x | ২ | ৩

গদিগন ধা কতা | দিত ধা | কিড়তক গদিগন
x | ২ |

### মুখড়া ৮

ধগি তিতা তাগি | তিতা ধুম | কিট গদি | গন নাগ তিতা
x | ২ | ৩ | x

ক্রধা কিট | ক্রধা কিট
২ | ৩

তিতা কত্তা গদি | গন ধা | তিতা কত্তা | গদি গন ধা
+ | ২ | ৩ | x

তিতা কত্তা | গদি গন
২ | ৩

### সাথ (৯)

তত্তকত্তা গদিগন ধিকি | টধা ঃনা | ধেতা কতা ধেতা তিতঃ
x | ২ | ৩ —

গদিগন | ধাকিট তততুঁ | তিতকত্তা গদিগন
| ২ | ৩

### মুখড়া (১০)

ধাগিতিতা তাগিতিতা তকতকি | টতাগিন ধাগিতিতা
x | ২

তগিতিতা তকতকি
৩

টত্তাগিন তকতক ধুমকিট | তকধুম কিটতক
x | ২

| গদিগন মগতিতা
৩

তকিটক | তকতিত্তা তকিটক | তকতিত্তা কিতকত্তা
X 　　　　　　　　　　　　২

| গদিগন ধাতঃ
　৩

ধাঃতিত্তা কতগদি গনধা | তঃধাঃ তিত্তকত্তা | গদিগন ধাতঃ | ধা
X 　　　　　　　　　২ 　　　　　　　৩ 　　　　X

"ধমার"

ধমার হায়বা তাল অসি মাত্রা ১৪ না শাবনি। তাল অসিগী বিভাগকী মতাংদা মত অনী লৈ। অহানবগী মত্তা বিভাগ ৬ নি। অকোনবগী মত্তনা বিভাগ মরিনি। খরা য়াম্না চংনবদি বিভাগ ৪ নি নানা সাহেব পালগী মতুংইন্নদী অহানবগী বিভাগ ৬ অসি ওইগনি। অদুবু পণ্ডিত সাখারামজিগী মত্তি অকোনবগী অসিনি। অদুবু ঐখোয়দি অনীমক খণ্ডদোকসি, য়েংসি।

অহানবা খুদম :—

| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ১২ | ১৩ | ১৪ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| x | | | ০ | | ২ | | | ০ | | ৩ | | ০ | |
| তা | ধি | ট | ধি | ট | ধা | ঽ | ক | তি | ট | তি | ট | তা | ঽ |
| X | | | ০ | | ২ | | | ০ | | ৩ | | ০ | |

অনিশুবা খুদম :—

| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ১২ | ১৩ | ১৪ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| X | | | | | ৪ | | ০ | | | ৩ | | | |
| কা | ধি | তা | ধি | তা | ধা | ঽ | গা | তি | তা | তি | তা | তা | ঽ |
| X | | | | | ২ | | ০ | | | ৩ | | | |

'ধমার' হোলি ঈশৈশদা ধ্রুপদ অঙ্গদা শৈনৈ।

সাথ (১)

ধাধা দিধা দিত্তা কিটধা দিত্তা | কদিগ দিত্তা
x 　　　　　　　　　　　　　　২

| তিতকত্তা গদিগন ধাতিত্তা | কত্তাগদি গনধা তিত্তকত্তা গদিগন
　০ 　　　　　　　　　　　৩

## সাথ (২)

ধাধা দিধা দিত্তা কিধধা দিত্তা | কত্তদিগ দিত্তা | ক্রধেধা
×　　　　　　　　　　　　　　২　　　　　　　　০

ক্রিটধধা কিটতক | তিতকত্তাগদিগন ধাতিতকত্তা গদিগনধা
　　　　　　　　　৩

তিতকত্তাগদিগন

## মুখড়া (৩)

ধা দিন তা s তিতা | কত্তা গদি | গনধা দিন
×　　　　　　　　　২　　　　০

| তা s তিতা কত্তা
৩

গদি গন ধা s তিতা | কত্তা গদি | গন ধা s
×　　　　　　　　　২　　　　০

| তিতা কত্তা গদি গন
৩

## সাথ (৪)

ধাগি তিতা তক তক তকি | টক তক | তিতা তক ধুম
×　　　　　　　　　　　২　　　　

কিটা তক গদি গন
৩

নগ তিতা তক তক তকি | টক তক | তিতা তক ধুম
×　　　　　　　　　　২　　　　০

| কিট তক গদি গন
৩

## সাথ (৫)

ধাকি টধা sন ধাs দিs | তাগি sন্না | ধাs দিs তাs
×　　　　　　　　　　২　　　　　০

| ধেs তত্তা তিতা কত্তা
০

ক্রধে ঃতা তিরকিট তকতা তিতকত্তা | গদিগন ধাগ্নিন |
×                                                     ২

| ধাকিট তকিটক তাকতিতা | তকধে ঃতা তিতাকত্তা গদিগন |
  •                                             ৩

### সাথ (৬)

ধাতির কিড়ধি কিট তক ধিকি | তক্তা গিন |
×                                              ২

| ধাগি তিতা তক | তক তকি তিতা গিন |
  •                           ৩

ধিকি তিতা গিন ধিকি তিত্তা | গিন ধাগ | ঽদি গন ধাঃ
×                                                 ২              •

তিরকিট তকতাঃ তিতকত্তা গদিগন |
৩

### রেলা (৭)

তকি টক তক তিতা তকি | টক তক | তিতা তক ধুম |
×                                                   ২                •

| কিট তক গদি গন |
  ৩

নগ তিতা তকি টক তক | তিতা তক | ধুম কিট ধুম |
×                                           ২                •

কিট তক্ক গদি গন |
৩

### পরণ (তিশ্র জাতী) ৮

ধাতিরকিড় ধিকিট তিরকিটতক তগিন ধাগিতি
×

| তধিতা ধিতাতক | ধুমকিটতক গদিগনধাঃ কিটতকধুম
  ২                          0

| কিটতকগদি গনধাঃকিট তকধুমকিট তকগদিগন |
  ৩

## পরণ (৯)

ঘিড়নগ তককত্তা গদিগন নগতির কিটতক | তকিতত্তা
×                                       ২
কাSকিট | তিতঘিঘ তিSতকত্তা গদিগন | নগতির
          •                          ৩
কিটতক তকিতত্তা কাSকাকিট।
ঘিঘিতিতা ক্রাSন ঘিঘিতিতা ক্রাSন কত্তা | ধেত্তা কত্তা |
×                                      ২
| তিতা কত্তা তিত্তাকত্তা গদিগন নগতিতা ক্রাSন ঘিড়নগ
  •                    ৩
তিতকত্তা গদিগন নগতিতা তকধুম কিটতক | গদিগন ক্রাSন
×                                   ২
ধাতা ধাS ঘিরনগ | তিতাকত্তা গদিগন নগতিত্তা তকধুম
•                 ৩
কিটতক গদিগন ক্রSন ধাত্তা ধাS | ঘিড়নগ তিতকত্তা
×                              ২
গদিগন নগতিতা তকধুম | কিটতক গদিগন ক্রাSন ধাতা
•                     ৩

## মুখরা (১০)

ধাত্রা ক্রধি কিট ক্রারধা কিট | ধাত্রা ক্রধি | কিট ক্রধা কিট |
×                              ২               •
তিরকিট তকতা ক্রাSন ধাS | তিতকত্তা গনিগন ধা S ক্রাSন
৩                          ×
ধাS তিতাকতা | গদিগন ধা S | ক্রSন ধাS তিতকত্তা গদিগন |
২              •             ৩

## মুখড়া (১১)

ধাগিতিSতা ক্রাধেSধা কিটধাধা কিটতক তিরকিটতকতাS |
×
তিতকত্তাগদিগিন নগতিতক্রাSন | ধাতিরকিট তকতাকিটতক
২                              •
গদিগননগতিত ক্রানধাS তিরকিটতকতা তিতকত্তাগদিগন
            ৩
নগতিতাক্রান |

## "শূলতাল"

শূলতাল মাত্রা ১০ না শাবা তালনি।

| মাত্রা :— | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | × | | ০ | | ২ | | ৩ | | ০ | |

তাল অসি বিভাগ মঙানা শাবা তালনি। তালি ৩নি অমদি থালি অনীনি। তাল অদি ধ্রুপদ অঙ্গনি।

| | | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১বা :— | ধা | ধা | দিন | তা | কিট | ধা | তিতা | কত্তা | গদি | গন |
| | × | | ০ | | ২ | | ৩ | | ০ | |
| ২বা :— | ধা | তত | ধিন | নক | ধিন | নক | তিতা | কত্তা | গদি | গন |
| | × | | ০ | | ২ | | ৩ | | ০ | |

### সাথ (১)

| | | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধাগে | তিতা | কত্তা | গদি | গনা | নগ | তিতা | কত্তা | গদি | গন | |
| × | | ০ | | ২ | | ৩ | | ০ | | |
| ধা | তিতা | কত্তা | গদি | গন | ধা | তিত | কত্তা | গদি | গন | ধা |
| × | | ০ | | ২ | | ৩ | | গন | | × |

### সাথ (২)

| | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধাগে | তিতা | তাগি | তিতা | গদি | গনা | নগ | তিত | ক্রধা | কিট |
| × | | ০ | | ২ | | ৩ | | | |
| ঘিঘি | তিত | কতি | তত্তা | গিন | ধাগি | তিতা | কত্তা | গদি | গন |
| × | | ০ | | ২ | | ৩ | | ০ | |

### তিশ্র জাতি (৩)

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ধাSন | ধিকিট | ধাত্রক্রা | ধিকিট | নতিতা | কতিতা |
| × | | ০ | | ২ | |
| তিরকিটতক | তাগিন | ধাকিট | ধাSন | ধাSS | তিরকিটতক |
| ৩ | | ০ | | × | |
| তাগিন | ধাকিট | ধাSন | ধাSS | তিরকিটতক | তাগিন |
| ০ | | ২ | | ৩ | |
| ধাকিট | ধাSন | | | | |
| ০ | | | | | |

## সাথ (৪)

ধাগিতিভা ধিতধিত | ক্রধকিট ধিতধিত | ধাগিতিভা কিড়তক |
x ০ ২

তাগিতিভা ঘিতিরকিটক | তিরকিটতকতাS Sনধা |
৩ ০

কধিত ধিতক্রধা | কিটধিত Sতাsন | ধাদিন তাধিত | ধিকতভা
x ০ ২ ৩

তাগিতিভা | কিড়তকতাSSS তিতাকত্তাগদিগন |
০

## সাথ (৫)

কিড়তকধু তিরকিটতকতা | কততিরকিট তকতাSন |
X ০

ধিতঘিঘি তিতকতি | তত্তাকতি তদাগিন | কতধাSকিড়
২ ৩ ০

তকধেSতাSSন | ধাতিধাকিড় তকধেSতাSSন | ধাধাকিড়
x ০

তকধেSতাSSন | ধাতিধাকিড় তকধেSতাSSন | ধাধাকিড়
২ ৩

তকধেSতাSSন | ধাতিধাকিড় তকধেSতাSSন |
০

## রেলা ( ৬ )

তকি টক | তাক তিভা | তকি টক | তক তিত | ঘিঘি তিভা |
x ০ ২ ৩ ০

গদি গন | নগ তিতা | তক ধুম | কিট তক | গদি গনা |
x ০ ২ ৩ ০

## মুখড়া ( ৭ )

ধাকিতত্তা গিনধাত্র | ক্রধকিট ধাগিতিতা | ধাত্রক্রধি | কিটধাগিট
x ০ ২

তত্তাগিন ধাগSদি | গনধাগ দিগনধা | গদিগন ধা;ধাগ |
৩ ০ x

Sদিগন ধাগদিগ | নধাগদি গনধাS | ধাগSদি গনধাগ |
০ ২ ৩

দিগনধা গদিগন |
০

## মুখড়া (৮)

ধাগিড়িতা তকথুংগা | তিরকিটতকতা কড়িধন্তা | কতিধন্তা |
×  ০  ২

গিনধেত | তাগিঃধা তিরকিটতকতা | তিতকত্তাগদিগন তিঃক্রান |
৩  ০

ধাতাধা,তিরকিট | তকতা৷তিতকত্তা গদিগনতিংক্রা | নধা তাধা
×  ০  ২

তিরকিটতকতাং তিতকত্তাগদিগন | তিকক্রান ধাতা |
৩  ০

## মুখড়া (৯)

ধাঃকতা ঃনধা | দিনতা ধিতিরকিটতক | তাঃতিত্তা কাতাঃন |
×  ০  ২

ধেত তাতিরকিট | তকতাঃন তাঃঃন | ধাতা ধা |
৩  ০  ×

তিরকিটতকতাঃ ঃনতা | ঃনধা তাধা | ঃতিরকিট তকতাঃন |
০  ২  ৩

তাঃঃন তাধা |
০

## তিস্র জাতি ( ১০ )

তকিট তাগিন :| ধিকিত তাগিন | ধিকিত তাগিন | ধাকিট
×  ০  ২  ৩

ধাঃন | ধাকিট তাগিন | ধাঃতিরকিট ধিকিট | ধাকিট ধাঃন |
০  ×  ০

ধা ধাকিট | ধাঃন ধা | ধাকিট ধাঃন |
২  ৩  ০

## তবলা যন্ত্রগী মরমদা থরদং

তবলা হায়বা যন্ত্র অসি পোংশক অনি অই। মখোয় অহুদি ডায়ে ( মনাউ ) অমদি বায়ে ( মরু ) অসিনি। শম্না হায়-রবদা য়েং অমদি ওয় পোং অনীনি। ডায়ে ( য়েং থংবা মনাউ হায়রগা থঙ্নবা 'তবলা' হায়নস্থ থঙ্নৈ। মসিনা থুং য়েংনা অহুগা বায়ে ( মরু ) (ডুগী) হায়রগস্থ থঙ্নবা অসিনা থুং ওয়না য়ৈনৈ। তবলা উনা শাবনি মমায় শউম্না তিংই। ৱাংবনা ইঞ্চি ১৪/১৫/১৬ য়োম ৱাংই। মনাউগী মমায় (পুড়ী) ইঞ্চি ৫/৫$\frac{১}{২}$/৬ ৫$\frac{১}{৪}$—অস্থুম্না দরকারগী মতুংইন্না পাক্লে। তবলাগী মমায়গী মতাইবু 'চাঁটি' কৌই মরী লোল্লোবা অহনা 'গোট' কৌই। চাঁটিগা কাক কগী মরক্তা লৈরিবা অহাঙ্বা অহুনা 'মৈদান' কৌই। ময়ায়দা অমুবা অমা থারপ তৈরীবা অহুনা হিন্দিদা 'সিয়াহী' নস্ত্রগা মণিপুরীদা কাপ কৌনৈ। তিংলিবা মরী অহুনা বদ্ধী, বাধা, হায়না থঙ্নৈ। লোল্লিবহুনা 'গজরা' কৌই। মনাউগী নাকন্দা শিঙ্চেপ চপ্পগুম চপলিবা কং হায়না ঐখোয়না থঙ্নবা অহুনা হিন্দিদা অড়ডু নস্ত্রগা গদ্দে ( গঠে ) কৌই।

তবলা শাবা উদি নিম, হৈনৌ, সিসম, বিজয়সার, দেব দারু, লাইটক, সকি অসিনচিংবা অসিনি। ৱাংবা অমস্থুং কোনববু কুড়ী কৌই। মনীংগী অকোনববুনা হুগুবী কৌই। কাক ( সিয়াহী) দি চাক্তা য়োংথীগা তোংনরগা শাবনি। মরু ( ডুগী ) গী মমায় দি ইঞ্চি ৯/১০ অস্থুম্না পাক্লে। মরু অসি অহানবদা উনা শানরম্মী, মতুংদা লৈবাক, থরা লৈরগা য়োং, কোরী প্রিথ্াইনচিংবনা শানরক্লে।

## "তবলা য়ৈবশিংগী শাগৈ"

ভারতবর্ষদা তবলা য়ৈবশিংগী শাগৈ ( খান্দান ) য়াম্না লৈ। শাগৈশিং অসিগী তবলা য়ৈবশিংনা শিনকম অসি মপা-মপুগী

